নীরেন -- মোত্তক্রে, চুম্মিনে হানগ্নিবদো। অদুং অয়াকী যুগ'সদা মাওদী ইনাকথুনবী অমা লৌরগা মহোয় ঐখোয়দু থর লংহৌবা য়াত্রা য়েংসি। ভাই নত্তসে অঙ্গম্বরে হায়বে য়াথলত্বুভগা উংত্বুনা লৈরে। লায়রবা ঐখোয়দি মপানগী মত্তেং থরা লৌয়গা ইনাকথুনবা হোৎনদবা য়াদবনি।

গোজেন — মত্থু ঐগী লাইবক্তদি থোক্রনি থাজত্রে।

নীরেন — তুমিন লৈবুদা ভানিংদে। ঐনা তৌরিদি উবদি নত্তদি মত্তপ্রেকপু থংম্মিনে। ঐনা হৌজিক হৌজিক কোম্মরিবা গোভর্ণমেন্ট সেকেন্দরীগী লেকচররসি নত্ত ওইরদি কোম্বা তমগত্রা? অদুং ইলরবা ঠিকাদার অমুক শাক্ররিবনি।

গোজেন — মাগী পুক্রিংদি হৌজিক হৌজিক নহোন্দা লুপশিনবা ত্তগ্রিবরো ?

নীরেন — কৈদোঙগী তমোইলৌরিবনো? মহুগী কন্ত্রোলত্থুদি ঐসা তৌরিবসিদি। মুংতিগী মহোয়গী স্কুলত্থুকাওবা মরো হোন্দবা থিবোক থিজকিম তৌরীবনি। ঐনা এজিনা নক্তি হায়দু মহোয় প্রিনসিপালত্থুদা ত্তগ্রবা কাপে ঐনা লৌবকৌয়রবদি, লোংকারোক থেং-কল্প ভাকপগা পরক্সমমন্ত্র কোনাবা তৌমিথুকাওবা

প্রমো — বেমবেম, করিগীনো ওন্তা হল্লকইদে ?

বেমবেম — অহুবুরো, ঐখোয় ওজাশিংদো ভলব মচিৎ অমা লৌবা চৎকনি হায়য়। অহুনা পেয়োদ ১ ভম্মগা থাবকইবা। ওসিদিনে ইচে ঐ মুংঙাইয়ে। ওজাগী চৈ অ'ন চাগদোবা চাহৌক্লেদো।

প্রমো — পারাহু সুকক। কাৰুমু, চৈদা পংফ্দা ফুহল্ল্।

বেমবেম — তল্লি কৈন্নু অহুবুরো ইচে, নঙগা তিন্নরম্বা লাইশ্রমগী লৈশাবী অমা ময়ুম পানখিবদো। হৌজিক কারদনে মাগী মুপানা মপামদা খিল্লকইবা। মুপাহুন্নু মশক য়াম্না ফজেনে।

প্রমো — নঙদি অহু য়েংঙ্রিজাৎ ওই:র।

বেম.বম — য়েংদে কৈন্নু সুম উরকপনি। অদো ইচে নঙসু মহোয়দৌনা নয়ুম পান্থোকখি য়াক্লো.?

প্রমো — তানিংদে মসি অঙাংসিবা (চৈথৎপি।)

বেমবেম — লিদা বানা লৈদৌশরুক মীগীদা মুংঙাইনা লৈরু য়াদমাল্লে। (পাথং ১ তফিং তফিং লাকই)

নহা ১ — ইচে বা অকবা অমত্ত্ব য়ামরম্বগে।

প্রমো — করিনো ইবুংঙো *

নহা ১ — মাযে৷ নিত্যাইনে৷ হৌজিকরাইদ৷ বাজারদা পোক-
খাইখিব৷ শক্তি লৈবা বমহুনা পান্দুনা খরা লুনা
শোল্লমাল্লে, হোসপিতালদা পুখৎত্রে । খরা থুনা
মী খরা চৎননবা শেম শাবিরো । )

প্রমো — করি হায়বা ? ঐখোয় বাবাবো ? (প্রমো মকোক
ডাওবহুদা লৈমায়থক্তা খঙহৌদনা তুখরকই । নহাহুসু
মনাক্তা চংশিল্লকই, মনাওস্থপীনা ইচে ইচে হায়হুনা
কপ্পা কৌই ।

— ইন্টরভেল —

২/১

( নিত্যাই লৈখিদবা থা ৬কী মতুংদনি। গোজেন মমান্নবগী দা চৎকদবগী থোরকই, মমানা রা খরা হায়নিংদুনা ইমুংদগী থোরকই। )

প্রমো'মা— গোজেন, হৌজিক ঐখোয়না ভোগবৌবসিবু করিনো, নঙনা পংচত্তা চৎলিবদুনা কান্নকম খঙলিবরা ?

গোজেন— ইমা বারুরম্ব, ঐস্ব লংফেদা চত্তুনা শেল তাম্নবা শেম-শারবনি। বীরেন্না হায়রে, হৌজিক ঠিকা মচা-মগুস্ব খরা লৎপা মতম ওইরিবনিনা অহল অমগী মতেং পাংবা ওইনা অরুনাচল প্রদেশতা চৎলুসি। গাড়ীস্ব অহলদুনা পুথোকদবনি। হৌজিকী অহলসি ভোৎ লেপকদবা ওইরমাল্লে। অদুনা ভোৎকী মতম নকশিল্লকপ্না শেল খরা মমুৎ তানা তানদবা য়াশিল্লকুবা মতাংনিনাঐখোয়বু মতেং খরা পাংহল্লগা মদুগী অবামল খরদি অদুম পিগে খল্লিমাল্লে। থোয়দোক্লা মী ফৎলয়োইদবা মীওইদি মান্দে।

প্রমো'মা— অদুম্না হোৎনগদবনি। অদুগা ননাও অমনা মথোং মরম খঙদনা মাঙখ্রিবসিগী মরমদা নঙস্ব মিৎয়েং

থরদি চংবা ফৈ। নত্তবা ৱাগম্ব মাগী মরমদা হেন্জিন্না করিস্থ থল্লুম্লদা হায়, ইমাদি করম হায়না ৱাদবা ওমগদৌরিবনো ?

গোজেন — ইমা, মসিগী মরমদা মকা য়াম্না কোংলুখিন্থ। ইমানা মাগী ৱাসি তারগা হেন্না মুংঙাইখিরোই হায়দুনা তৌবনি। মহাক মনিপুরগী মপান্দা করিস্থ চংখিদে।

প্রমো'মা — করি। মাবু মনিপুর ৱাংমা লান্না চংখিবা নত্তবা।

গোজেন — তমথিরবা মীনা কিনরবা মীওই অমা ওইখ্রে ইমা। মীওই কাঙলুপ কয়াগী যেক্লবা ওইদুনা অরানবা মওংদা ইনাকখুনবা কয়াগী লন-থুম মুন্দুনা লৈরে হায়বা পাও তারে। মহোয়দগী মুল্লকপা লন-থুম কয়াদু পুরক্লগা য়ুমদা হল্লকখিনি হায়বৈ ৱাথলঁদি লৈরম্বস্থ য়াম্নি। মতমদুদা ঐখোয়না মাবু ফাজিন্দুনা থমহৌরা তাবনি। নত্রবদি মাঙম্বা মরাল লৈরবা মীওই অমনা মতমসিদা কয়া কুইনা হিংদুনা লৈবা ওমগনি ? ঐগী মরুপ পুলিস ওফিসার অমা লৈরম্বদগী অত্তুক হাক্লা ৱাফমসি মকা ফোংহন্দবস্থ ওম্নিবনি।

প্রমো'মা— ওরাংতগী অঙাং মানা অম্লুক তমথিবা মীওই ওইগ্রবা (মতমসিদা বেমবেমনা মরক থংচিন্দুনা মাগী ৱা হৌদোক্লে)

বেমবেম — তাচৌ, ঐ লাইরিক তম্বা তোক্লগে, ঐনা পিয়ু হায়বা পৈশাস্থ নহোয়না পিবা ওমদ্রে। ইমাম্ববীননে, নঙদি নহোয় বাবা শিঞ্জবনিনা লাইরিক তম্বা ওমখিদ্রা, বই লৈদবগী ওজানা ফুদো শরুক লাইরিক তম্বা তোকথোকও হায়রিপোৎনি ।

গোজেন — করিগী লাইরিক তম্বা তোকদৌরিবা, তাচৌ লৈরিসিদি। অহুঙবা বাহু অমুক হন্না পনগন্থু। বাবা লৈত্রবস্থ ইমা, তাচৌ, ইচে লোয়না লৈবি, নঙগী কনাস্থ বাক্তে হায়দুনা মমাম্ববীদা চাওথোক্লা হায়রম্ম। তাচৌনা লংকৈ চৎলুরগা নঙগী অরাৎ অপা পুম্নমকতু অমত্তা চিথদনা লৈবিগনি ।

প্রমো'মা — কম্বা কুইননো নঙনা চৎকদৌরিসিনা

গোজেন — কুইরোইদা হন্নি মন্নিনিরোমতনি ।

বেমবেম — ইমা ঐখোয় চা-মনা লৈত্রবো ? চন্না যেন্নবস্থ চাদংদি থক্কেবা।

প্রমো'মা — লাকও লাকও, লোনবিরগে চা থক্লিংলবদি ওসাইনা হায়বা য়াজ্রো ?

বেমবেম — হোয় হোয় ।(চংনপ্রে,গোজেন থোকপ্রে লতাবীনা ইমুংদগী থোরকপদা য়াধামনি লাকপা থেংনরে )

লতাবী — হৈমা, কদায় কদায় চৎলুরগে ?

রাধামনি — ঐখোয় তামো অমা কোংবদা লৈ, মহাক উরক্লবা। ( লতাবীনা মোড়া থাহুন' কমহল্লি ) ঐখোয় ইমানা ঐসে টি. ভি সি. লোয়শিল্লগা তাওচৎনহুনা সুম লৈরে, মপান্দা মথা তমথবা য়াবা করি করি লৈরিগে তামোহুগা অমুক্তা তায়কচো হায়হুনা থা'র-বনিনে।

লতাবী — এম. এ তমথোকউবা য়ায়া কৈ, হৌজিকমক থবক হেক কংগদবা মওংসু উদবনিনা। অহুবু মিংচনবা মতমবু ওইরবরনে ?

রাধামনি — সেসন ময়ামগী হৌনরিসিগা মায়দবা য়ু'নভ'সিটি থরসু লৈরিমাল্লে। অহুবু ঐনা হংবদা মতম খজিক্কং য়াংলি হায়, সুম থৌরাং তৌশিনবগী য়ানিদা। অদো নওবু কমদৌরিবগে ?

লতাবী — কমদৌনি 'ধামনি, মতম'সদা ঐগী হিংনিংবগী অপায়বা অমত্তা লৈশিল্লক্কবগুম তৌরে। মতম অমদা আশানা ঐবু কোয়পু পুহুনা মফম থওদনা চৎলুই। অহুবু অহুওবা আশাহুনা ঐবু মফম থওদনা থাদোক-পিরব্বদা ঐদি কংফালদা লৈরবা ওাহুগা চপ মায়রে। অশেংবনি ঐ হ চাহুনা শিনিংলে। ( দুংতাইতবা মতৌ উংলি )

রাধামনি — করিংয়ানো অত্তবু, করিগী অত্তু ঐরাই হেক লাক্লনা হায়দোক্লিবনো ? করিগী আশা নাংগদৌরিবনো ? মঙ্গা মগা অনিমক লৈত্রবী গীঅদো নোংমত্তা শিবগী রা পল্লক্লে। তৌহেদে ইবেম্মা, কুইনা পুন্সিরবদি সিদগী হেন্না বাবা কয়া কয়া থেংনরকখিদৌরিনি ।

লতাবী — কয়ারক হয়া খস্তুহনা য়েংলবনি । ফিভমসিদা লৈরগা ঐগী হিংনিংবগী মরাই করিমত্তা লৈরক্লরোই ।

রাধামনি — মুপা হায়বা অাৎসে লতাবী খনজিল্লরগা শুকমুংবু মুংশিরক্লেদা। অাইহাক্কী দোবো দরা খরা তৌশিন্নরক্লগা মীগী কন্দিসন চাদবা খরা উরগা মায় হেক্তা লৈখিবা মুপাদো ঐ থেংনবা কান্দা তিন শিত্তৌরিবনি ।

লতাবী — মুপা মহোৎরগী মহৌশাগী মরমচৎনি খন্দোক্লসি ।

রাধামনি — নত্তগী অয়াবা, মুংঙাইতবা পুন্নমক ঐ খত্তি । পুন্নমকসিদগী নাম্বোক্লবা উপায়দি অাস্নাযাট তৌবা নত্তে লতাবী, য়ুমপাল্লগা অনৌবা পুন্সি অমদা খোংদাবনি । ঐগী বাখলসি লানবরা নত্তমু খল্লু । নত্তগীদি ইমা, তাচৌ, ইচে পুন্নমক লৈরিবনিনা করিসু বানিংঙাই লৈতে । করিগী অত্তুক মুংঙাইতনা লেনগদৌরিবনো ? কায়সে, বাংজিংগী তামো শ্যাম লৈরিসে, করিসু বারদ্ম্মু ।

লতাবী — মরবা মাগী রাত্রু থৈদোক্লকম্মু কৈদৌরবগে ?

রাধামনি - লুকসিনী মন্দোরিবো ? লাম খয়া হায়কে হায়বে বানি। পৈশা ম্মায় পায়রিপোৎবি, খয়া ওন্দোরগা থাইদা মরাইনা হিক্তোল চৈয়না থোকথরকদৌসিদা ।

লভাবী — ঐ করি তৌসিগে খনকম খওৱবানি। ঐগী পুন্নিং শান্তি কংগাবা মকম অমা ঐহু থিবা পামবনি । ফিভমসিদা করি তুমিং থাদনো ঐনা মী ওইরকদৌ-সিবো ? নোংমা নোংমগী লৈখা তাথরকপা নত্তনা করম্বা তঙানবগী লম্বী উবিবগে ?

রাধামনি — খঙলে পুম্নমক। ঐনা হায়রিবসিদা অহুম তারকনি। তামো শ্যামদো নাগমপালগী ঐখোয়গী ইমাবোকী তুকান্দদি ইতং ভত্তনা লাকই। ঐগা থেংনহনা থাবী হায়ফেং শাবদম্, মাসে নঙগী রাখল মুকথা থাদোক্কবগী মওং অমা উরকই । নহোয় পাবুং লৈতবগী মতাংদা পল্লুবদম্ মানা নঙবু অমুক্তং উরগা নঙগী রারবা থম্মোয়বু থেমজিনবা পান্দগী বা হায়রকই।

লভাবী — বাবা লৈতবসিনু খঙহল্লুবা মঙোল্দা ?

রাধামনি — খঙহন্দবা থাবরনে, মানা হেন্না মুংঙাইহৌত্রে নঙগীদমক থনবদা। কায়দে, নঙগী নতৌসিদা ঐ চিংনরে, থবায় মুংঙাইত্রবনি থাজনা তোক শিদোক-

অমদনা। হয়েংসি পুং ১১ অন্থুবাদা ইমাংমোকী হুকান্দা চৎলু, তামো ল্লাকপা য়াই। উমরো, ঙাংনম্মো, লেপম্মো ঐগী হায়দোবা হায়বু সি মঙাইরে। ঐ অমুক য়োৗরগে।

নুভাথী — ঐ থিন্দোকঅগে লাকওসে ( চৎখিরখি )

( প্রমো'মা ইমুংদগী থোরকই, থাবল্লে লাকপদা )

— ইচে, লেংশিনবিরকউ (মোড়া থায়, থাবল্লেন্থু ফম্মী )

থাবল্লে — থা মঙা তরুকসিদা নমায় মায়থোংদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকএ হায়। হেঙ্গিন্না মুংঙাইতবা রাখল পংথন্না থল্লমাল্লে।

প্রমো'মা — কমদৌনি ইচে, ইরাইবকৌনি। ঈশ্বরনা অস্থুম্না লৈরগা য়েংবা মুংঙাইনি থন্দুনা থৌশিল হৈনা শেম্মীমাল্লে।

থাবল্লে — হুং, ফিবমসিদা নঙনা ঈশ্বর অমদি লাইবকতা পংতায়দা তায়নহুনা লৈবনা কাম্নরোই। ঐদি নঙগী ওইরিবা ফিবমসি থরা ফগৎনবা উপায় অমা থিনবগী তাম্নবা পাম্মী। নঙনা 'স্থুম্না পেম্বোকপা ঙারে হায়হুনা ঘোর ইহন হস্থনা লেনবা পুন্সিসে ঐদি পামলেবো।

প্রমো'মা— ঐসু বায়োং চাদনা, নিংঙমদবা মৈচাক পুন্না লেনবা পুন্সিসে পাম্বদি নত্তে।

থাবৈ — হোয়নে খঙঙিনে, নঙোন্দা কনানা মচুবু পাম্ন হায়গ্রবগে ? কনাগ্নে সুগ্রা-পাগ্রা ঙইনিংবা নত্তে। ফিবম্না ঙইগ্রবসু মচুদা হকচিন্না থল্লদনা পুন্সিদা খীবা খুদি অমনি হায়না খন্দোকেরা, মঙ নুংঙাই-ঙবা অমা মঙঙ্বর্ন হায়না খনগেরা খন্নিংবা অমা খন্দুনা নুংঙাইনবা লম্বেল অমা য়েংনবা ঙাক্তনি ।

প্রমো'মা— সমাজ অমা লৈরি ইচে । অহুগীসু মথক্তা ইপু-রোইবশী ফিরাই শোল্দ্রি। ফিবম্নসিদা ঐনা বাখল লৈক্ফে থল্লবা য়াদ্রি । অমরোমদা য়েংঙে ইচা পাখং লৈশাবী ফারে । করিনো ঐখোয় ইমানা তৌরিসে হায়রকপদা ঐ খুন্ফম লৈরোই ।

থাবৈ — মিৎয়েংদো অমা য়োনা লুথনা য়েংশিনখ্রেনে । অহুক হাক্না হকচিন্নখিনু । অহুগনে, থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা পুক্লিং ইথিল কয়াবু নমহুনা থম্নগা পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংগনি হায়নকাদি খল্লম্ন হায় । মুপা নহাগা য়া য়া লাঙ্গহুনা লৈম্ন হায়বা নত্তে । মায় খুইথ-রক্লবা, মিহে ময়োল চোংনবা মচাক থরদি থিবা তাবনি।

প্রমোঁমা— মাম্নি, লেমহৌম্নিবা পুন্সিসে করিদা আশা থমহুন্না লেনগদৌরিবনো, থম্নবদা মম্নি ।

থাবল্লৈ — ফিবম চাত্রবী, মুপানা ছন্দোকপিরম্নবী কয়াগী অম্নাবা ঐঙ্গি য়াম্না উরে । মা অমবু তমগেনে ঐখোয় মমাংদা লৈরিবী মালিকা হায়বীসিনা চহি ৩০দগী লুপ্রা ওইরকঅগা মচাসে চাওনবা শেম্নকএ । মচাসিনা চাওরকলো মতু মচা থিরকপা মতমদনা মমাসে হম্না য়েংবিদনা কয়া যানা লেম্লে । যেংঙদো, হৌজিকসে ঐখোয়গী অরেপ্পা অমা য়েংহৌদবা য়াদ্রবা মতম্নি হায়বানি । ইচা পোকই ইমৌগী ওইখিদো । তুংগী পুন্সিদা করি ওইগনি ঐখোযসে হাযবগী চিংনবা য়াম্না চাওনা লৈরবনি । তা দামু লাকইনহে, তাদ লেংশিনবিরকউ (দামু লাকপদা থাবল্লৈ হৌগৎলকই । মোঁড়া থাই )

দামু — য়ারে য়ারে । ( ফমখি ) নহোয় অনি থেংনবা মুংতাইরে । করী অমত্তা শাম্ননিহুম্না লৈরম্নীনি ।

প্রমোঁমা— তাদ করি করবা মতাংগীনো ?

দামু — করিবোনে, ঐনা অতৈ করি অমুক লাম্নখিনি, ঈশৈ তৌবা ঐনবু অতৈ করি করী হৌদোক-উগদগে ? পুন্সঈশৈগী মতাংদা অহুক ওাংন-শরুবা নত্তনা ।

থাবল্লৈ — হন্থক্তি অরা-ম্রাথন্না পুম্নমক কাউথোক্লবা প্রমো'মাস্থু ঐনা ঈশৈ য়াওহল্লনি তাদ।

প্রমো'মা— মহোয়'বাগী ফিরোই ফাওবা য়েৎত্রিঙৈসিদা লৈবাক্তা ঈরাং-পালাং তৌই হায়দুনা ঙাংনখিদ্রা হায়বগীস্থু মিপায়জন্নিবা।

দামু — এ, করিগী, মী নাম শোনববু। নত্তে, নাম শোল্লি-বসিবু ঈরাং তৌরিবনি হায়গে হায়রিও? ঐখোয়না তৌরিসি ভক্তি মার্গদা চঙশিল্লিবনি। কনাননো'সদা অতু অদা হায়রক্কদৌরিসিবো? নাম শোনবসিগী মরুমদা ঐখোয়গী অনিংবা অপাম্বা কয়া লোৎহন্দুনা থব্বা লোয়না য়াগ্রে।

প্রমো মা— তাদনা 'সুম হায়না হৌদোকপিরকপসি য়াম্না ফগ্রে। হায় প্রমো, তাদগী চা তৌরকউহায়।

দামু — চা থকওই তৌরুস্থু তৌরুস্থু।

প্রমো'মা — অত্তুদি চুম্লপ ওইনা ফামবিগদ্রা তাদ?

দামু — তৌরুস্থু চুম্লপকাস্থু য়াওন্নিনে ঐতোম্দা। নঙগী মন্দিলাকাদি লৈজদ্রা ইবেম্মা?

প্রমো'মা— লৈ তাদ, নহানম্বাই য়াওরম্মীপোৎনি। থাদোকপদি কুইরে, তানমেন-কাসে ইকায়বু কায়গদ্রা হায়না চিংনইরম্লা।

দামু — করিমত্তা থল্লুহ। ঐনা [illegible]দৌরিবনি।

ময়াম তিম্নরগা অম্না-অনাম্ন কাউথোকই। রাখল মুংভাই, হকচাং তেকখৎলি। 'সিদা স্থম নৈশিন্দুনা লৈরগদি নশা শোকথরক্কনি। লৈকায়গী শোরাং মুংলাৎ, যজ্ঞগী অধিবাসনচিংবসি ঐখোয়গী ঈশৈগী লুপ অমা শেম্মবদি ঐখোযদা শক-শোন্ন, শোয়দনা হায়রকওইজ্রা ? অত্তদম্ম নত্তে, ঝুলোনগী করিগী, অত্তদগী হেন্দোক্লুনা থরা নঙতক তৌব-শিংগীনা লুহোং কৈহোংবগী ফাওবা শক-শোনবিয়ু হায়রকদৌরিবনি।

থাবল্লৈ — বার্ত্তন লৌবগী জাৎতি তাদনা লোযন' শুমখি নিসে। ঐখোযনা নিংথিজনা হৈরোইদবগী বাতনি।

দামু — কৈদৌনা হৈরোইদৌরিবনো ? অত্তম হায়না খোব হন্নবা তৌম্ম। শেম্মদা থোকনি হায়রেদনা ঐনা।

থাবল্লৈ — হোয়দা তাদ, শিবা হায়সি কৈম্ম তম তমপোৎনত্ত্রে। নহা অঙাংদম্ম পংশিদা মশি। ভাইহাক্কুং হিংলি-ভৈসিদা ঈশৈ-নোংমাই তৌত্বনা লৈববু কম্ভ-মুংদ-তৌবম্ম নত্তে। নামম্ম শোনব, মরুপ-মপাং অমা তিম্নবগী মুংভাইবম্ম ফংবা। মাম্না কৈ তাদ।

দামু — অত্তনি, ঐনা ইবেম্মা প্রমোম্মাদা হায়নিংলিবম্ম। চৌঙ-লাইরগী, অশি-অনাগী, ইচা মাংখিবগী হল্লক্কগী

হুম 'সিদা থন্দুনা লৈরবদি হিংবা ওমখিদ্রো ?
মহ পুম্নমক্ কাউখোক্লহনা ওইহাক্কংদা ওইরবসু
সুংঙাইবা রাখল থনবা ওমুন্না হোৎনবসিন্নিনে
ঐখোয়গী ইথৌ হায়বো। ঐনা হায়রিসি লানত্রা
চুমত্রা হায়বদো নঙনা হয়েং য়ং য়ং লাওনা নাম
শোনবৈ থবক্‌সি ভৌরকপদা খঙজদকনি।

থাবলৈ — মসিগী খুৎসুংঙাইসিসু তাদা, শেলনা লৈবা
ফংপোৎনত্তে।

দামু — অহুনিনে। শেল পায়রে হায়হুনা ঐখোয়না ফংলিবা
সুংঙাইবা মথলসি মী অতৈনা ফংগে ওমপোৎনত্তে।
য়েংঙোই, সংসারসিদা অহল শুকওই ওইশিনহল্লোই
হায়না খল্লবদিনে, হিদাক-সুংদাক অহাওবা চিঙাক
পুম্নমক য়াইমরপ ওইনা থাদোক্লগা মরুপ মপাং
সুংশিনবা অমা সঙ্গ তৌবা, সুপী ওইয়ো সুপা ওইরো,
মসি কান্নে। ঐখোয় মতমসিদা য়ুমদা নৈশিন্দুনা
লৈবা য়াবা মতম ওহ্রিদ্রি, ধর্ম-কর্মগী খিংবা লম
চৎহৌবসু য়ারী।

থাবলৈ — তাদনা লম চৎপা হায়রগা মিৰ্শিংঙকই, হল্দক
গাড়ী বাইরগা লাইকম তনা চঙ্লা নাম শোনথনি
হায়হক্ করাক্ বাংলিগে ?

দামু — নহোরা, ঈশ্বর মপুং কানা ভনীবা লোয়রগা
চৎকদোরিবনি। মীগীবুদি ঝকিক চানা লৈরে।

নহাক অমদি প্রমো'মাস্থু লাইথুরুপ্পা চৎকদো'রবসিদা য়াওদ-লাক য়াপোংনত্তে। মুংঙাইখ্রেদা ইবেন্মা, লাইকম শুনা চত্তুনা সংকীর্ত্তনগা কত্তুনা প্রসাদিকা কংওকপকাসিদি খুৎমুংঙাই অমনি। মসি শিনবস্থু মী অমনা পাক হেক ঙমদেনে।

প্রমো'মা — মত্থুগী খোংচত্তুদি তাদ ঐস্থু য়াওনিংই। নহান-মীনা হৌরকপদা য়াওহোগে তৌবদা ঙমহৌদ্রে।

দামু — চৎকনি, শোয়দনা চৎকনিসে। মুমিৎ থা অঙ্কবা হৎচিৎসে, মসিদগী হেক্তা চৈশ ভংসে হৌরসি। অতৈ মুপী খরস্থু উনগদৌবা লৈার, তক্ষমগীদি গুরুময়ুমগী মান্দর্বাসিদা অত্থম য়াই। অত্তাদ ঐ য়ৌগ্রগে।

প্রমো'মা — করে তাদ, অত্থুদি হংচিৎ মুমিদাংবাইরম ইচেগা ঐগা শোয়দনা লাক্লগে।

থাবনৈ — অত্থম হায়না তৌরসি ইবেম্মা, ঐস্থু চৎগ্রগে, খবক থর লৈহৌরি।

দামু — খোকমিন্নগ্রসিনে অত্থুদি।

থাবনৈ — য়ারে তাদ (চৎমিন্নগ্রে)

প্রমো'মা — হোয়দা, ময়াম মরক্তা ভিন্নভুনা নাম শোনবা য়াওরবদি পুন্সিসিদা হিংনিংবগী অনৌবা মহাও অমা য়াও-রকপস্থু য়ারি।

(য়াচংবা মতুংদনি, লভাবীদি হল্লক্লে। পুনিমা ময়া ওইবগী থাবলদি ফরি। প্রমো অমদি বেমবেমদি শুনাওদা লৈরি)

বেমবেম — ঙসাই ইচে লভাবীনা ঐঙোন্দা তৌরম্মিবা মওংদা ঐ য়াম্না চিংনরোবা ইচে। (মতমসিদা মমা মন্দিলা পায়রদুনা তফিং তফিং লাকই)

প্রমো'মা— নহোয় হৌজিকবাইদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল অমা তাখিদ্রনে ?

বেমবেম — ঐদি তাহৌই, অদু কৈদৌরগে ইমা ?

প্রমো'মা— হায়, ঐখোয় বসন্তগী পৈশা হাংথি হায়বা বড়মিস্ত্রিদু কাপ্পম্মেনহে।

বেমবেম — হৈমা চেকশুবদু শিরবা ? কল্লকহেক পেল্লি। মবুক ফংমন্দদুনা শিরিবনি।

প্রমো — মসি অঙাংসিনা থঙব্রা থঙদ্রবা হেক্তা য়াওশিল্লকই।

প্রমো'মা— বাসে মন্নুংদা মরোল অমা লৈরম্মী।

প্রমো — মা শিগ্রবা মতুংসিদা ঐখোয় বসন্তগী মরমদম্ থিগৎনরকদৌরিবজাংলা ?

প্রমো'মা— মীওই থরনা উহৌরে হায় । বসন্তগা মশাম্নবা অনিগা মহোয়গী য়ামাহ হায়রা অদো তোংন্থনা লাক্লম্মগা হেক্তা কাপশিল্লম্লিবা ওইরমাল্লে। কমদৌনি ? স্বাইসিদা সিকাইনা থি হুম্বগী থবক চথ্থরকঅনি । ঐখোয় ইমুংগী ফিবম মতাসিগা ... ... ... মুপামচা গোজেনন্থনা তোক হেক লংফৈদগী হল্লকপা মতাং ওইরবস্থ ফগদবা ।

প্রমো — ঐখোয়বু য়ুম থাদোক্লনা ইন্দোমচাখোয়না মতম থরা লৈরুবনা ফগদ্রা ?

প্রমো'মা— এ, করিগী ? মন্থনা হেন্না মহোয়না চিংনখিনি । ঐখোয়গীদি ইচা বসন্ত য়ুমদা হল্লিল্লক্লরে হায়ন্থনা খবরদা হাপ্লনা থি খোংপগী থবক চথ্খি । থানাদা মতম চানা মী মাঙবগী রিপোর্ট তৌখি । হৌজিক ইচা মাঙখিবা থিবগী থবক লেপত্রি হায়রগা লোয়রে ।

প্রমো — ঘতনাসিনা স্বাইদা থোকঅমদ্রগদি থরস্থ ফরমগদবনি । মীগী লৈকায়দা থোকউবা ওইরগদি খিক্তং থবায় বাদনা লৈবা য়াগদবনি ।

প্রমো'মা— মতম থরদং অসিগুম্বা ইচা-ইশুগী মৈচাক ময়ামসিদগী লাপথোক্লা লৈগে নত্রবদি মোংমা নোংমগী, চঙ চঙ লাওনা হিংলিবা মহোয়. কোনবা ভমদনা বাথল

লায়না পোক্ত্না শিবা তারে খন্দুনা নাম শোনব-
রোমদা পুক্নিং থিংজিল্লবনি।

প্রমো — হো স্বর্গ কাপ্পবস্থু নখুৎ লাক্ত্না চিংখগদবা মতাং
অমস্থু লাক্লে হৌজিক। ঐথোয় ইমুংগী মী অমস্থু
রাৎলে।

প্রমো'মা — হা কৈদৌরবা? লতাবী হৃপ্পিল্লক্ত্রদরা?

বেমবেম — অহুবুরো ইমা, ওসাই পুং ১১ মুক তাবা অহুবাইদনে
ইচে লতাবীননে মাগী বেগতা ফ্রিৎ, ফনেকা
হাপচিল্লগা চৎথ্রিবা। ঐওোন্দা মিঠাইগাস্থু
পিজরম্মীপোৎনি, মুংশিনস্থু নানবীরম্মী। ইনাও
অতোম্বীসে মুংশিদকো, লৈমিন্নবা ফংলরোইকাস্থু
হায়রম্মী মাগীহুবু ইমা চেনবা নত্তনে?

প্রমো'মা — প্রমো, মমান্নবী রাধামনি হায়হুদদি হংও্দরা?

প্রমো — হংওই, মাদি ওসিগী করিমত্তা চৎথোক্তে, মহোয়দস্থু
লতাবী লাকঅমদে হায়রকই।

প্রমো'মা — ভশেংবদি মানা হেক ইনশিনবিবদগী অহুম্না থোক-
খ্রিবনি। চেন্নরকনি হায়হুনা ওাকথোকহৌরিবনি।

প্রমো -- নচানা কত্ত্রগা মীগী মচাদা কৈদৌবৈ তায়নরুরিবনো?
মশা অত্তাংলো? মীনা ইনশিল্লগবু য়াগজ্রা?

প্রমো'মা — ইচা ফত্তবা পোকপসিদি পাপ চেল্লবনি। করি করম্বা অফবা থবক ভৌরগা অমুক্তং পুন্য চেনবী হায়বদো ওইগদগে থওত্রে। ভাদ দামু-হোয়সিগা তিন্নরগা বৃন্দাবন চৎপা ফংলদি মুংঙাইনি। নোংমৈ চৎকনি হায় মহোর ময়াম অমা, ঐদি য়াওবা ওম্বগী আশা উত্রে।

বেমবেম — ইমা নও বৃন্দাবন চত্তৌরিও, ঐস্থু য়াওনিংঙিবো।

প্রমো — নকোকথক্তা নল্লিবা পোৎলুম ময়াম'সিগী করিমত্তা নাচুংদনা অচৎ-চত্ত ভাইখংদগী রাংমা লানথ্রগে থল্লবরা ইমা ?

প্রমো'মা — হৌজিকপু ফিভমসিদা ইচাগী লুহোং-কৈগোংবা। অত্থদগী হেন্না শাবা মৈশা অমনা, নচা পুথোরকউ হায়ত্থনা উপায় লৈজত্রবী ঐবু থনানা রাহং পাওহং ভৌনবা ফাজিন্দুনা থম্বীবা থোক্লো, করিনো ভৌগদবা ? ইকোকথক্তা ব্রজ ভাবগা অমহানি, পুন্নমক থজিল্লরবদি।

প্রমো'মা — ইচাশা, নহোয়স্থু নরাইবক্তি পংফ ফবা নত্তেনে। লুপ্রারী ইমানা নাউয়োক নাউকোনবদগী নহোয়গী নতিও অমত্তা ফুদোকপা ওমদবা ওইরম্বা মাই। হৌজিক্তি গোজেন্দা ঐথোয়গী আশা লোয়না থম্বা ভাই। য়ুম লৈপ্না লেপ্তবা হায়বদো মতোন্দা লৈরে।

করগা ঐখোয়গী অকবা ওইগনি । নত্রবদি ঐখোয়গী হিংনবগী অতৈ লম্বী লৈতে ।

বেমবেম — ইমা, চাক লোয়রবনি, চাখোঅসিরা ?

প্রমো'মা — হোয় হোয় নওদি লান্নম্মনি, চারসি। (মমা চংখ্রে, তাঙ্খাসিদা গোজেন পোৎয়োম অমগা হল্লক্লে ।

বেমবেম — হৈমা, ঐখোয় তাচৌ লাকএ, ইচে ।

প্রমো — হায় মৈ লৌথোকউচো ওকসি ।
(বেমবেম চেনশিনখি )

( গোজেনসু মৈ পুথোরকপা ভাইহাক্তং ভায়রি । মমানা মোমবতি অমা পুথোরক্লুনা মৈ ওকহল্লি। প্রমোসু গোজেনসু ইমুং চংখ্রে । গোজেনদি থনুনা পোৎয়োমতু থম্নম্মগা থোরকই )

গোজেন — মহোয়গী গাড়ীতু য়াদদনা ফনা কুইনা অমুক শেম্মী। অহুননি অসুক থেংলক্লিবসি ।

প্রমো'মা— ফরে ফরে য়োরকইবসি। অতু করম তৌই থরদি মকাম্নজরকপরা ?

গোজেন — কান্নৈ হায়বা তাই। সুমিৎ ৪/৫ নি থক্তং মতম মাংবদা ঐভোন্দা লুপা লিশিং ৪ থাইবিরকইসি কান্নৈ হায়না লৌবা তাবনিনে।

প্রমো'মা— করি য়ানো, লিশিং ৪ হুদি ঐখোয়দদি থামুক পাকখ্রেনা, অতৈ অরৈবদা করিস্থ লৈবা শেনফম নত্রবস্থ। ফরে, য়াম্বদ্রবদা চাবগী পুথরিবা শেনফমসিদি শিংদোকখিবা তায়। মুপামচা, ঐখোয়গীসি গ্রহগী দশানরা খঙদে, পুন্সিদা অমুম্মা থোক্লকনি থল্লমদ্রবা কয়া ঐখোয়গী ইফমদা থোক্লরেনহে। হৌজিকসিদা মৈ থৌরিবা য়াম্ অমা অনিস্থ লৈরি।

গোজেন — করি তৌরবগে ইমা ?

প্রমো'মা— ননাও শাগৈগী মৈতাল অশিবহুনা অচৌবা শুন্দা মকোকা শারগা মাগী পৈশা হাংখি হায়রিবা বডুমিষ্ট্রিহু হাত্তোক্লয়ে।

গোজেন — ঐখোয় বসন্তনবো !

প্রমো'মা— ইমাহোয়না ঈশৈ তম্মিঙৈদা নোংমৈ মখোল তাখি। কুইদে, উহৌবা থরনা হেক্তা তম্লে, ঐখোয় বসন্তনা নহা অনি লোয়নরকঅগা হাংলম্বনি হায়রে।

গোজেন — সিফাই য়াম্না লৈহৌই। ঐঙোন্দস্থ চেক কম্না তৌরকই হায়ববু থৌদোকসি থোকখিবননিদনা। ওন্থোকপনিদকো ... ... ... ...।

প্রমো'মা— অহুগা অমনা নচন লভাবী হৌজিকফাওবা হন্সি-

লক্করে। বেমবেমনা হায়রিবা বান্নিগদি চেনখিবা শোয়ত্রে।

গোজেন — মতম কুইনা চন্না হেনবগী লোক-লায়হৌসি থুংহুনা লৈদৌশরুকপুদি ইনশাং থরা হাউবা মকমদা তাংজ-ফম লৌরুবনা ফরনি থন্দুনা চৎথ্রবনিনে ইমা। ইচনগী রাখল ঐদি নহান্না উরবনি।

প্রমো'মা— য়াম্না বারমগনি। লাকও, চাক চাখোরুবা তৌরুরসি। ( মমা চংখি, বেমবেম্না মবুংদা )

বেমবেম — তাচৌ, নঙনা প্রাইভেৎ তম্বীয়গা ইমুংছদা লৈবী লৈশাবী রাশীনি হায়দো ওরাং ওফিসার অচৌবা অমদা লুহোংথ্রেদো। মহোয় অনিমক মশক ফজ্রে। মারুটি কার ননে ৮০ শুইদো লাকইবা, মুপান্ত্র য়াম্না ইনাকথুনবজাংনিকো। (বেমবেম চংথি, গোজেন লেংদবা মুত্তিগুম লৈ র। উরকই-লুহোংবগী দৃশ্য, তারকই লৈ কোয়বগী যন্ত্র মখোল। যন্ত্রগী মখোলনা লেপথিবদা জ্ঞান তারকপগুম তৌরকই )

গোজেন — মসিরা, লায়রবা নঙনা ঐঙোন্দা পিরম্লিবা আশিবাদ, কৈ অদুনি তৌদোবা, অদুদী ঐস্থু অকি তুজুং কয়াবু নমথায়রমগা ইনাকথুম্নবগী লম্বীদা চংশিনগনি। মুপীগী খংঙোয়বু জয় তৌনবা শেল মতিক চানা তাদবা তারু। ( চংথ্রে )

(প্রেমো থোরকই, লতাবীগী মফমদা তাংমিংবা চৈনিংবা কয়া তমহৌদবগী মুংতাইতবা রাখল অমা ইচেল চেল্ল, তুমদনা মঙ মঙবা হোৌরকই-মঙহুদা লতাবী লাকই মাগা রা তাংনৈ, মরৈ য়েংনৈ )

প্রেমো — পুন্সিদা থেংনরিবা খুদোংথীবা কয়াবু মায়োক্নগে থস্ত্রহুনা করিগীদমক্তা মহুবু নাথৈয়ম্নগা চেনগে হোৎনরিবনো ? মহুবু কৌই মীকিথি ।

লতাবী — ইচে, লৈরিবা ফিবম্সিদা ঐখোয়না করম্না পুন্সি লেনবা ঙমগনি ? নোংমা নোংমগী লৈথা স্থম তাথরক্লবা ঐখোয়গী পুন্সি মরেন্সিদগী থরা হেন্না কগৎপা থোংথাং অমদা থাংগৎপা ঙম্বা হোৎনবনা কত্তবরা ? শোয়থথিদোরবা পুন্সিগী থোংথাং মতম চানা অনৌবা মাইওন অমা ওন্দুনা থাংহোবসিবু করি কায়বগে ?

প্রেমো — ঐদি মহু কৈদৌঙৈদস্থ ঙম্নোই ।

লতাবী — কয়ম্নো ইচে ?

প্রেমো — ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা ইনতাইরনমেন্টসিবু তুহৎ-লম্নগা ঐতগী ওইবা মুংতাইবা লমজন অমা য়েংবা

হায়দো ঐদি ওয়োইদবা। নংনা অহুম্না তৌগ্রগা অনংশা তাহৌদোরিদি ইমাদনি ।

লভাবী — ইমাদা অকনবা চৈথেং অমত্তা পিজরোই। ঐগীদমক্তা কনাদস্ত নাকোং শাহল্লোই। ঐনা তৌরিবসি ইচে সমাজগী চৎনরোলগী মায়োক্তা নত্তেবে ।

প্রেমো — হোয়নে চুম্মীনে, বাবা লৈত্তবা চহি কুমওম্রিবৈদা নয়ুম থোক পাম্বোকইবসি মী অতৈম্বু তৌনদবা নত্তে। ইচেদি নওম্না মীচেল ওইরোই। পুন্সিদা ঐদি, অন্ধবিশ্বাসনা থানা কুপশিনগ্রবা, ওইজ-থিবদা তাওরবা, মপাম্বোংগী অয়ুং অরাক্লা মমিৎ ইথক থকৎখিত্নুনা মমুং হুক্লিম্না লৈরিবা অচুম্ববু মশক খঙজ্রবা তমথীরবা সমাজ অসিগা শীঙনহুনা লেনখিনি। লায়রববু হুম্থনা য়েংলিবা সমাজসিদা লায়রবশিংগী পুন্সিগী কজবা শক্লোন কয়া উৎলময়বা হোৎনরকখিনি।

## ২/৩

( শ্যামগী [ লন্তাবীগী মুপা ওইদৌরিবা ] মবাই খোকপা অমনা মী ১/২ পুরক্লগা প্রমো'মাহোয়দা লাক্লুনা দামুগা রারী শান্নরি । চা থকপা লোয়খিবগী অছাংবা কপ ২/৩ সু লৈবা উই )

দামু — 'সুম তৌবনি ইবুংঙো', মচিন হংবা লাক্লবতদি অরাপ্পা লমদমতুদা অমুক হুঙৎ-তন্দা লৈকায়গী মচে মনেম-শিংসি পুন্থনা চংকদৌবত্থ কান্নররোই, মশা মশানা য়ানতনা চৎনগ্রবনিনা, মত্থদা থৌ অমুক চাওথোক্লবা থবক তৌরগুমসি হায়ত্থনা ঐখোয় অমুক খন্নে । মসিদা খোয়দোক্লা বারোনবা য়াদে ।

মবাই — মত্থগীদমক্তদি খোয়দোকপা লু'না খন্নদে তাইবুংঙো । অত্থগা হৌজিকী হায়নরিবা লুপ্লোংবদা মতেং পাংনবা ওইনা লুপা ২৫,০০০ দং পিবিরকউ তাকপিবত্থ ঐখোয় মামত্থদি কয়া য়ানিংবগী মওং লৈহৌদে ।

দামু — মত্থ ইবুংঙো, চুম্না ঐখোয় গৌরিয়া মশেলনি, মিন্নুংশি পোক্লত্থনা লৈত-লায়র খজিক্লুং মতেং পাংনবা য়াত্রা হায়ত্থনা হৌদোকচক্লবনি । ইমুংসিদা লৈরিবা মমা মচাশিংসিনত্থ 'সুম হায়না পৈশা লৌনবকাসি

য়ানিংদে, মচা-মনাওবু লৈবা য়োনবগী হিসাব অমদা চথরে হায়দুনা শাওরিপোৎনি। ঐনা মহোয়গী অবাবদু য়েংবা ওয়োইদবনিনা খজিক্কং য়াংননবা উপায় থিবনি।

মবাই — কায়দে তাইবুংঙোনা তাকপিরিবসিদু। ঐখোয় মামদুগী বাখলদা 'সুম লৈহৌই হায়দুনা হায়ফেৎ ঐনা ফোংদোকচবগী বাতনি।

দামু — খন্দুনা য়েংবিয়ুদো, মপাগী ফিরোই শোক্খ্রিবনি। মবুং অমা লৈরিবসিনা সরকারগী থবক ইনখাং নাতৈ চাবা অমা তৌবগী বাসু লৈত্রি। 'সিগুম্বা ফিভম-সিদা মানা 'সুম থোকখ্রিবসি ঐখোয় থোয়দোক্লা পেঙ্গপোৎ নত্তে।

মবাই — মরাইবক মরাইবক্কা 'সুম থোকউ তমখিবননি খন্দোক-পদা মতারে। অদুগা বাফম অমনা, অঙাং মুপা-মুপী মহোয় অনিদি মশা মশা য়ান্নদুনা চেনবদা অমদি মখা তানা য়ুম্বান-পুন্সিদা খোংদামিন্নবদা অপনবা অমত্তা লৈতনবা হায়দুনা কেঁটিকী এক্ফিদেফিৎ অমসু লৌথোক্লয়ে। মসিসু মহোয়গী অনিংবা মতুং ইন্না তৌজরম্বনি। অদুনা ঐখোয় মামদুনা শেল পিবদা থোয়দোক্লা য়ানিংবা মতৌদু উৎলক্কবনি। অদু-মকপু অমুক্তংগা মখা তানা খন্নরুনবগীদমক্তা ঐ মামদুদা নিংশিংজরকখিগে। অদুদি ঐখোয় অমুক য়োননবা তৌজরগে (দামুদা খুরুম্মী)।

দামু — ফরে ফরে ইবুংঙো, অমুক্তং মমুৎ তানা হাফমসি নৈনবিরুখো। (চৎনখ্রে, ইমুংদগী থাবল্লে, প্রমো'মা থোরকই।)

দামু — শেল থরা মতেং পাংউ হায়রুবত্থগীরা খঙদে মুপা ময়ুমদা অত্থম হোংজরফাওবদা করিসু অকায়বা লেত্রে হায়বগী ইঙ্গিৎ ফজনা পিরম্মী। নচামুপ'ত্থনসু মথুংকী সহি তৌত্থনা কোটকী চে চাং থরসু লোয়শিন্নরম্লে। অত্থনা হাসি পংকন কম্মা ঙাংনবা য়াদ্রে।

প্রামো'মা— লায়রবগীদি 'সি ঙাক্তনে তাদ, মায়থুবতনা ইশরুক ওইবনি।

থাবল্লে — ইকভি ইকায়খ্রেদা সৈন্ত্য, লৈকায় মমাংসিদ লুহোংবা ঙমদত্থনা মুপা ময়ুমদা হোঙখ্রে হায়ত্থনা হা লাওগদবত্থ। অচৌ-অশাং হান্না লৈবা ইমুং-শিংসিনা য়েংঙজদবা মিৎয়েংদো, থল্লুবদা মুংঙাইতে।

দামু — অত্থগী হাদি থোয়দোক্না থল্লুমুদ! মী খ্বাইনা তৌনদবা থবক্তো অসিবো? ঙরাং নহাক্তা মৈস্নাম-গীসু হোঙখ্রিত্থদি। বামন ইমুংদা মুপী ময়ুম ওইহল্লগা হোঙখ্রিত্থ নহোয় য়েংহৌক্লো। কৈসু থোইদোকপা থল্লুদু।

প্রমো'মা— লৈরিবা ফিভমসিদা তাদ, অৎৎ অউন তমচুনা হোঙবা ঙমগদবস্তু লৈত্রবনিনা ইচানা লম থরা হায়থজরবস্তু মচিঙ্গাক চাজবা, থবক ইনথাং তৌজবা মুপাদা লৈথ্রিসিবুদি থোয়দোক্লা মুংঙাইতবা তৌরগে।

থাবল্লৈ — মুপাচুদি করি থবক্লেগে তৌরিচুবো ?

প্রমো'মা— মহোয় এগ্রি হাযচু পাস তৌরগা এগ্রিকলচর ওফিসতা করিনো এ ই. ও. হায়ব্রা অচু ওই হায়।

দামু — থবক ইনথাং নিংথিজনা তৌবা মুপাদা থোকঅম-সিকাওদি পুক্লিংসে নে হেক তাই।

থাবল্লৈ — করে করে থবক নিংথিজনা তৌবা মুপাদা লৈথিব-নিনা ঐথোয়গী চাওথোকচকম লৈরী। মীনা হংলক্লবস্তু স্বাইগী থবক তৌদবা গুলি চাবশিংসিদা লৈদৌ শরুক থরা হায়থরগা অকবা মুপা অমদা ময়ুম পাঙ্খ্রিসি ঐথোয় করিস্তু মুংঙাইতবা তৌদে হায়চুনা পোঙচুনা হায়রমগদৌরিনি।

প্রমো'মা — মানা মচেদৌনা জ্ঞান তাদবনিনা ঐদি মীগী ময়ুমচুদা তৌরমদৌবা শিবমচু থনবদা মস্মী। 'মিদদি পংলাংদা লাঙচুনা লৈজরম্বনি। ইমুংগী অকুপ-অম্তা থবক অমত্তস্তু হৈপোৎনত্তে।

দামু — হেরা, কাল্লদবদা করিগী অচুগীসু বারুরিবনো ? মমুম মকৈ পাল্লগা থবক নোম লিকপবু কৈদৌবগী হৈরোই-দৌরিনো ? মরাম্বনা নক্ষুদা হৈজখিদৌসিবো। কাম্নদে, ঐখোয়না খন্দোবা হায়বু মতৈ মনাওসিদা থরা থ়ুনা তোঙান চাখিবা ’সিদনি। ঐনা হায়রিবসি লাল্লবরনে থাবল্লে ?

থাবল্লে — য়াম্না চুম্মী তা-দামু। হৌজিকসিদা মহোয়না মচিন-মনাও ময়ামগা চাকখুম পুল্লগা চাওখৎপা করিসু ওয়োই। অচুগী শরুকপুদি মহোয় অনিদা তোঙান চারগা শেল থরা তুংশিল্লগা মতম চারে হায়বা কান্দুদা ’স্বাইদা হিঙ্গোল মচেৎ অমা লৈবগা কোক হোংগৎলক্ক়ুনা লৈবা যাইনা।

দামু — য়াম্না ফবা বানিনা অচুদি। ঐ খঙদিদা, নহোয সুপীমচাচুসু ইপঙ পঙবী সুপী ওইরোই। মনে-পোকফাওবা মাগী অনিংবা মথা পোম্না চৎহল্লমগনি তান চারদি। মাগী সুপাফাওবা মানা হায়রিখে য়াহল্লমগনি। স্বাইদগী চৎখ্রিবা নিংঙোলশিংসে থথা মান অমত্তা ওইরমদে হায়। ঐ য়াম্না থেংনরেবো। ঐদি মথক্লোমগী নিংঙোলনি হায়দুনা মুক্ত়ুনা নৈরম্মী হায়বানি।

প্রমো’মা — য়াম্না লমকেৎ লমহায়বীনি হায়দুনা অমুক চন্নদনা তোক্লগদ্রা ?

দামু — এ, করিগী ? মতমসিগী চৎনবী ওইরবদবো । মুপীনা থরা ওমতক পানবসিদ্দি করিসু অহেনবনি হায়নদ্রেনা নচামুপী জ্ঞান য়াম্না তাবা য়াবা চহি মতাংনি । চহি ১৬/১৭ কী লেংসু নত্তনা ।

থাবল্লৈ — তৌববুদি তাদ, হৌজিকসিদা নহানরাই ফিশাকোল উন্নরম্বত্তু লোত্তনা চাক থোংনবা গ্যাস সিলিন্দর ওইনা উন্নরকইবসি মরম লৈরিপোৎনিদা ।

দামু — চুম্মী, মত্তু মতমসিগা চান্নে । মনেমপোক ওইদৌরি-বশিংতুনা মসি খঙ্জিনবা চুম্মবনে ।

থাবল্লৈ — হুং, ঐ মতমসি য়ারল্লে, তাদ লৈবিহৌখিদ্রা ঐ থরা হাঞ্জরম্মগে ।

দামু — ফরে ইবেম্মা, ঐ ওাইহাক্তং কোম্বহৌখিগে, য়ৌরো ।

প্রমো'মা— ইচে চৎলগেরা ?

থাবল্লৈ — চৎলগে চৎলগে ঐ কৈথেন্দা চৎকদৌবসু লৈরিবনি ।

প্রমো'মা— ফরে অহুদি য়ৌবিরো । ( চৎখি )

দামু — বা অমনিদং ওাংনখিসি, ঐসু চৎলদৌবনি ।

প্রমো'মা -- তাকপিয়ু তাদ করি করম্বা বাফম্নো ?

দামু — নঙোম্মা ঐনা মফম মতম নাম্বদনা শেলগী, পাজলগী, বুদ্ধি-লৌশিংগী মতেং পাংলক্লিবসি ওথাক য়ান্নেনা

প্রমো'মা — য়াম্লে তাদ, ইচাশিংসি চাওরক্লে, তাদগী নফমদা ঐনা ওমজ্রকাওবদা অঙাংশিংসিনা নোংমদি ভোবিমল খঙবা থরভা ওইরম্ব্র উংপা ওমজরক্ল'ন ।

দামু — করিনো হায়রিত্রুবো, অঙাংশিংসিগী য়েংত্রুনা নঙগা ভিন্নবম্ব্র নত্তুনা । নপুরোইবা লৈভভৈদগী লাওতররবা নঙগী পুক্লিংবু ঐনা নিংথিজনা ফাথত্রুনা থম্নবগী শক্তি পিথি । ওসিদি ঐহাকম্ব্র বাখলগী পোত্থাকম থিরক্লে । নঙদি ঐভোন্দা মত্রু ফঙহন্নবগী পাথৈ অমত্তা পিরকপম্ব্র ভৌদে ।

প্রমো'মা — ইচান্নুপী চেন-চোংথিবগী মরাং মরাং ভৌবসিদা ...

দামু — মত্রু লেপ্লো য়ারে । মাগী ভৌকম থোকপা লোয়রে হায়না লৌথা য়ারবনি । হয়েং লৌথৎপা য়াবা মভাং লাকপা কান্দা ঐনা কৈগাক কৈনা নহোয়গী-দমক্তা লেপকনি । মপা লৈভে হায়বগী পুক্লিং ম্নুংশিহল্লোই ।

প্রমো'মা — অত্রুবু তাদ মাথক্লা ঐগীদি লোম্নবা নত্রিদো ।

দামু — (শাওরপ্পা) নঙগী সমস্যাদি লোয়বা থব্বা নাইররোই । নচাগী থবকীনি, অত্রুগীনি অদাগীনি, ঐভোন্দগী লৌথ্রিবসে লিশিং করাদি ওরে ।

প্রমো'মা — অরেম্বদা পংলোদ| লৌশিনবা নত্তেনে তাদ। মাগত্রা হায়তুনা মীভোন্দা থবকী শেল থরা পিশিল্ল্ বস্তু কায়দে, লিশিং ফনা মাম্মী হৌজিক মাওতুনা লৈরি।

দামু — ঐনা নভোন্দা শেল অম্লুক মান্না থংলিবা, নওবু করিদা শোয়থিগদগে হায়তুনা শেন্নরিবসে ঐবু নবুং অমা ওইনা ভক্তিগা লোয়ননা লোয়নবিয়ু হায়তুনা তৌবা নত্তে। নও ভাব করিমত্তা তাক্রমাল্লে।

প্রমো'মা — হৈমা, নাম সংকির্তন তৌবা তাদমা অম্লুম্না পুকচেল পিক্কা ঐভোন্দা ভাংলকনি হায়বদি থাক্তরুদে।

দামু — করিনো নাম সংকীর্তনগা ঐখোয় ২গগী বাফমগা অমুক মরী লৈনহল্লক্লিসিবো। মতম থরদংদি ভায়-বিথিগেকো, কুইরবদা নপুরোইবগী ফিরোই লোয়খিবা ফাওবত্তনি।

( য়াচংবা মতম্নি, লতাবীনা মতম চাদনা লাকপা উবদা প্রেমোনা )

প্রেমো — করি তৌরে মতম চাদনা লাক্লিবদি ?

লতাবী — ( নুংঙাইতনা কপ্পিং কপ্পিং তৌদুনা ) ইচে, মহোয়গী য়ুমদুদা লৈবা নুংঙাইমন্দ্রবুনা লাক্রবনি । ইনেম-পোক্লা মুমিৎ খুদিংগী লায়র-চুদৎনবগী মচা- নুংঙাংব-ফাওবা ঙমদবদো ইকায়ত্রা হায়রুনা চৈ-থাংবসি তাবা হৈবা ঙমদ্রে । ইপামদগী করিমত্তা পুরক্তে হায়দুনা মীওইবা অমদা চৎকদবা লীচং চৎলক্কে ।

প্রেমো — করি ? অরাংবা পুন্সি মরেন পামজবী ইনাওনা থাক রাংবা ইমুংগী মীওই ওইশিল্লুবদা চন্নদ্রে হায়বা রাসিদে ।

লতাবী — মফমদুদা পুন্সি লেনগনি খল্লুবা, পুম্নমক তাইওন্নবা ওইরম্মে । ইচে, নিল খোংলবা সহর ময়োলসিদতা নত্তে, তাম্নবা লোয়ালমদস্ত ইনাকখুনবশিংনা লায়র চুদৎনবশিংবু হস্থনা য়েংবা মিৎয়েংসি কোক্লমদ্রি । মাম্নবা সমাজ অমগী কল্পনা তৌবা ঙম্নমদ্রি ।

প্রেমো — নঙ হৌজিক্তদা মত্ত জ্ঞান তারক্লি । মরক থৎনা ঐখোয় ইমুংগী অনৌবা পাও খরা তমগে । ঐখোয়

গোজেন্না লাখকী মপু ওইজনিংলুবদগী ড্রগ কারবার তৌগে হোৎনরুবদা পুলিসকী মখুৎ য়ৌগ্রে।

লতাবী — ঐখোয় তাচৌনা অচুগুম্বা ফিভমদা তাগ্রবা!

প্রমো — মরকসিদা, ইমানা অসিগুম্বা অরা-অনা কয়াদগী বাংমা লাল্লগে খন্দুনা নাম শোল্লগে হায়চুনা ঈশৈ তৌবা অহল অমগা লোয়নচুনা লৈরে। অচুবু হন্দক মরক্তি ইমাগী বাখল হোংলকপাদৌনা তৌই। অহলচুগা ইরোয় লোয়নরম্বচুসু তোক্লরে। খঙদে হন্দক্লা করি করম অমুক তৌরক্লদৌরিবা ?

লতাবী — বাবা লৈত্রবা ভুংদা ইমাগী বাখলগী তং-তাদবা অমমুক লাক্লবা।

প্রমো — নুংঙাইত্রা ? লায়র-চুদৎনরবা ঐখোয়গী পুন্সিনা মচেৎ তানা কায়থরক্লিবাস য়েংবা হৈরগাদ নুংঙাই-গ্রবা কুম্মোন। ইচোদ পুম্নমকাস উরগা নিংবা কায়চুনা আশা মাঙলবা মীওই ওইনা লৈবিগদবা মীওইসু নত্তে। সমাজনা হন্থনা য়েংবিসনু ঐখোয়বু, করিসু কায়দে। মন্নুং মতম চানা হৌজরকপা পোকপু অমুবা মচু শংজিন্দুনা মীয়ামদা অরানবা শক্তম উহনবা, চন্না হেল্লবসু চিন তেংশিন্নচুনা চাক চারে খঙহনবা, অসিগুম্বা সমাজসিগী মপুং ফাদবা শক্তম অসি ইচেদি য়ানিংদে, পেজদে। মপান্মোংগী

অরং অরাক্পা শুমহৎপিঙবা, অশেংবা তচুম্বব মশক খঙবা ওমজদ্রবা সমাজ অসিগা শিংনতুনা ইচেদি হিং-খিগে থল্লি। মীয়াম্না পাম্নরিবা মেতরিএলিষ্টিক সোসাইটি অহু ইচেদি তুকৎচৈ। লায়র-থাংপোক্তা হিংলিবা ঐখোয়গী পুন্সিবু মশক খঙনবা কাব্যকার কয়না হোৎনরক্লবদি ইচনা কযা পেঞ্জগনি। লায়রবী অমা ওইরুবগী চাওখোবচগে।

লতাবী — মপাম্ভোংগী অরং-অরাক্তা মিৎ থক্লবা ঐ হৌজিক্তা জ্ঞান তারকপঙম ভোরে। কৈ কিতুনা চেল্লগা শঙম ওক্লরে।

প্রেমো — হুরান্দুনা য়ুম ফজবা শারগা লন লৈরবনি, ভৌঙম্বনি ইজৎ লৈবনি থম্নরিবা সমাজ অসিগী অশোনবা কয়াসিবু, নঙবু থঙজিন উশিনবা ওম্নবরো?

লতাবী — থরদি থঙবা ওম্নক্লবরা থল্লি। লায়রবা মীওইশিংদা চেল্লিবা অরাংবা থাক্তা আদর্শ, মীপুম থুদিংমকপু মান্ননা য়েংবা ওবগী পাক-চাওবা মীৎয়েং, রানা তানবদা পাক ফংলয়োইদবা অচুম্ববু থম্মোয়দা থাগোয়জরিবা, মী অমগা অমগী মরক্তা লৈরিবা প্রেম ভাবনাবু য়োক্লনা থম্মা ওম্নীবা কয়াসে ঐহাক থরা থঙজিন উশিনবা ওম্নকপঙম ভোরে।

প্রেমো — ইচে সুংঙাইরে নঙগী রাসি তাবদা। অহুবু ওসিদি


UNIVERSITY LIBRARY MANIPUR
41911
1 PH 1

মচেৎ ভান৷ কায়থরক্লবা পুন্সি

ইচেনা মুংঙাইত্তবা রাফম্ অমদি নকমদা কৈাংদোক্লগা তারি। ঐখোয় সহর মঙ্গোলসিদা লৈরগা শেঙ্খোক্ লম্বী থিবা থরা রাদোরে। অতুগীসু মথক্তা রাবা লৈখিদবগী থবক মছুত্তো গোঙ্কেমা চক্না যাগত্রা হায়দুনা হিঙ্গোল বঙ্কে'ব থমদুনা শেল পিখিবদো, থবকসু ওইদ্রে পৈশাসু হন্দোক্কে দনা অতুবু হিঙ্গোল হন্দোকপা ঙমদ্রবনিনা লৈবা য়োনবা ওইনা ভৌনরনি। ঐখোয় য়ুম-হিঙ্গোলসি থাদোকপা তারে। কাকা বিনোদহোয়দা মতম থরা লৈবা হায়না লেপ্লরে।

লম্ভাবী — ইচে ( কাপ্প )

প্রেমো — কপকমুনে অপঙবী নঙবো। লোয়ালমদা লৈরগা পুন্সিগী অনৌবা মহাও অমমুক য়েংঙরসি।
( ভাঙ্গাসিদা মমা কপ্পা কপ্পা লাকই )

প্রেমো'মা — ইমাগী ইবুংঙো, নঙ হন্দক মপোকী লোয়রেদকো। ইমানা হায়বা ইন্দবদৈ নঙ থাংঙথক্তা কেমদুনা মাঙখ্রেদো।

প্রেমো — ইমা কৈদৌরগে, অমুক্তা শেংনা তম্মু।

প্রেমো'মা — ইচা বসন্তদো অচুম্বা পামজবা মীওই খুৎপু অমনা কাপ্পুনা হাত্তোকপিরম্লে।

( মমাম হৌদুনা কপ্পরকই )

---

## নাতকী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। পন্থুং (বারী মচা) ১৯৯২

২। মতমগী হস্তিনাপুর (ড্রামা) ১৯৯৫

৩। নাতকী খোনজেল (বারী মচা) ১৯৯৬

৪। মচেৎ তানা কায়থরক্লবা পুন্সি (ড্রামা) ১৯৯৭